## মীতৈ লাই

# হৰাউবগী ৱাঙউলোন

## ( PHILOSOPHY ON LAI HARAOBA )

—য়ুম্নাম তম্ফাজাও

মীতৈ লাই

# হরাউবগী রাওউলোন

অকোয়বাং— লোংজম দেবদত্ত

৯রকম্বুনা নম্বা মসিং ১০০০
মলিয়াফম পালচা কুমসিং ৩৩৮৪
খৃষ্টাব্দ ১৯৮৬

অইবা—য়ুম্নাম তম্ফাজাও

ফংফম থোকপা অইনগীনি। মমল— লুপা ৫.০০

স্বরাজ প্রিন্টিং প্রেস

# রাপাং

যুম্নাবা তক্ষাঙ্গাউমা ইবা "মীতৈ লাই হরাউবগী রাঙউলোন হায়বা লাইরিক অমা থুংই ওইন, যাম্না মুম্না পাক্নদা ছুংচাইবা অমা পোকই। মমমাদি— মীতৈসিংনা তৌজিবী মতমদা লাই হরাউবনু কবিদুলৈতবা মুপা মুপী পূন্নগা হরাউ কুম্মৈগী রাগন্দা রারেম থৌরেমি হায়না থন্দোক্লে, মতুংগা অরানবা হাথন অমরোমদা রাপুনৈ। মতুংগী নাহেক্লা অসুম্না রাপু অমা থাদোক্লে হায়র-বদি লাই হরাউবগী হেরকফমচিংব য়াম্না কুপ্না নৈনবনা মরী মথোঙ খিজিনবা তাবনি মাংগী থনাঙ যানবা ওইনা এথোংগী মাংদা লাইরিক অমা ঊগদেরে অসুম্না অরানবা অমসুং অফোবা সেংদবা পুন্নমক নৈনবগীদমক ফিরুম অম পুথোক্লবা অসিনক যুম্নাবা তক্ষাঙ্গাউগী রাখুন খিজিনবগী অমাম্না অভ তুংলমে। অতোপ্পাসিংনসু অসুম অরান নৈনবিসিং নৈনবগীদমক রাপু অমা এথোংগী মাংদা যুম্নাবা তক্ষাঙ্গাউনা পুথোক্লবা অসি নৈনোবা নৈনবা থুদোংচাব পীবনি অমসুং এথোংগী লাইরিক কবনি হায়না লৌজ। অরানবা মাংখিসিং অমসুং অচুম্বা পাম্নসিং হায়না এথোইন তাইবং মপুদা থুরুমসি।

শ্রীঅরেকপম চন্দ্রমনি সিংহ
এম এড, সাহিত্য রত্ন
হেড, মাষ্টর তেরা গার্লস হায় স্কুল ইম্ফাল।

# অফোঙবগী ব্রারোল খরদং

ঐগী ইযাম্বা তক্ফাঙ্গাওনা ইবা অহুমলক স্রুবা ফোংবা "মীতৈ লাই হরাওবগী রাংউইলোন কৌবা লাইরিক অসী পাক্তকবদা মমাঙৈগী মীতৈ ইপা ইপুশংগী লাইনিং লম্বী অসী অসুক্কী মতিক রাংলক্ষ্মী হায়বা খঙবা ঙম্মী। ঐখোয়না লাই হরাওবা হায়বা অসী নত্তবা লাংতংকী কুম্মৈ ওইনা ইমা-চননা লৌরুই। অনসিবিলাইজেসন ওইবা জাতি অমনা তোংগদবা চাওখৎতবা কুম্মোন হায়না লৌরুবনা হরাওবা য়েংবা ফাউব য়েংনিংউদে। অদু— ঐখোয়না খল্লুবা কৈরেননা বাখন অদু নত্তে হায়না ফিলোসোফিকেল অমদা পৃথোবকপসি উরুবদা পুকনিংদা অচেনবা থনা ফাই। লোয়ননা মীতৈ হায়বা জাতি অসা মাপেলগী ভাগিনিংদগী সোকব জাতি অমনি ওইবমল্লে হায়বা উবা ফংই। মবন অসীদগী চরকসুব খুৎনম অসী অইবগী য়ানফনা ফোংদকবদি- মীতৈ খুনাইদা ঈ ঈপুগী অরাঙবা রাথনগী মনি তাইহঞ্জনিবদগী ফোঙদকনি।

লোংজম দেবদত্ত

# হরাওপুঙ অমসুং উমং লাই

মীতৈগী লৈকাই খুদিং খুনকং খুদিং উমংলাই হায়না খুবম য়াহুনা হরাউপুঙ অমমম থমলিবা অসিগী মরমদি-লাই হরাউবা হায়বা অসি ইচম চপা থৌরম অমা নত্তে। রাঙউলোন ( ফিলোসোফী ) অমসুং সাইন্স তনা তাসিন্দুনা সেমলবা লাই হরাওবনি। সম্না হায়রবদা লাই হরাউপূঙদি রাঙউলোন তম্ফম সঙ (ফিলোসোফি স্কুল) নি। মরম অহুনা মীতৈনা চহি কুমজা খুদিংগী থরায় য়াউনা লাই হরাউনরিবনি।

উমংলাই হায়বসি করিনো ? উমংলাই হায়বদি সুক্রবা তাইবং উমংচুং মপুংগী লিখুন থংননবা মপু মংাক্রা উমংলাই হায়না ফোংবিরি। হায়রবদি তাইবঙ হকচাংগী মচুং কৌবা কংলৈ (অধ্যাত্মিক দর্শন) না পান্দা খুবম যাববু উমংলাই কৌই।

উমংলাই হায়বা অসি মথন অনি থোকই। মতুদি — লাইরেম্বী ওইনা খুবম যাবা অমা, লাইনিংথৌ ওইনা খুবম য়াবা অমা অসিনি। মসি করিগীনো ? মতুদি — মহৈসা ( প্রকৃতি ) কৌবা ইমাগী খুবম য়াববু লাইরেম্বী কৌই। লাই (পুরুষ) ইপাগী খুবম য়াববু লাইনিংথৌ কৌই। অসিগুম্বা উমংলাইগী খুবম অনি অসিনা

ঐখোয়বু উহল্লি। তাইবংপান হায়বা অসী অনিগী তাইবঙনি হায়বা। অনিগী তাইবঙ হায়বদি— লাবা, অমোম, সুপী সুপা অমদি পী-পা হায়রিবা অসিনি।

অমনা জেবানবা মপু ইবুঙো মহাক্তি লুমাং সম্বুল্লগা পস্থৌ হায়না কৌবদা "হৈ" হায়না পাউখুমই। লুতুং সম্বুল্লগা পলেম হায়না কৌবদা "হা" হায়না পাউখুমই। হায়বদি ইবুঙো মহাক্তি পস্থৌসু ওই পলেমসু ওই। অতুনা "হৈ হা" নিংনাগী ইরাই ইনিলবু পলেম পখৌগী সিদ মিংথনে হায়না পুযানা সথারি অসিগুম্বা তাংলেব মিলেন অসিবু থিননবা হায়তুনা উমংলাই গুবম অনি খোকলিবনি। ঙসি উমংলাই ৩৬৫ হাযতুনা লৈরিবসি অসি রাং-উলোন তক্ষমগী মমীং খাক্কনি। অদুগুম্বা লাইবুঙ অদুদা হরাও-রিবা লাইনিংথৌ সনাইলেল অমদি ইমা লৈমালেল সিদবী অনিবু হরাওবনি। মাইবী মাইবনা ঈরৈমা হরাওবা মতমদা ঈরৈমগী মনাইসা হায়দে, লাইনিংথৌ লাইরেম্বীগী মনাইসা হায়রিবা অতুনা ঈরৈমা হরাওবা নত্তে, ঈরৈমা কৌবা লাইবুংদা লাইনিংথৌ লাই-রেম্বী অনিবু হরাওবনি।

# লাই ঈকৌবা

লাই ঈকৌবা হায়বা অনী করিনো? লাই ঈকৌবা হায়বদি ঈশিংদগী লাই কৌথংপবু ঈকৌবা কৌই। করিগী লাইবু ঈসিংদগী কৌথংলিবনো? মতুদি-তাইবঙ ঈচুংদা লাই লৈ। হায়বদি—তাইবঙ হকচাং চুংদা পৌরাই লৈ। অসিগুম্বা উমংলাইগী অহাঙবা লাইসঙ অতুনা হকচাং কায়াৎ অনবু লেপলি। ঈসিংদগী কৌথংলিবা লাই অতুনা হকচাংগী পৌরাই ওইনা লেপলি। হায়বদি-অহাঙবা লাইসঙ অতুদা লাইরানা লাইবু কৌথংতুনা থমলে। অহাঙবা লাইসঙ অতুগী মচুংদা লাই লৈরে। অসিবা লাইসঙ অতু মপৌরাই পাল্লে, অহিংবা লাইসঙ ওইরে। অথুম্বা অহাঙবা লাইসঙগী মপৌরাই হায়ববু লাই ঈকৌবা হায়রিবা অতুনি।

# লাই হরাউবা

লাই হরাউবা হায়বা অসি করিনো? মতুদি— মীওইবা ঐখোয়না পোকপদগী সিবা ফাওবা পুন্সি মতেক অসিবু লাই হরাউবা কৌই। হায়বদি— পোকপন লাইহৌ, হিংলিবা পুন্সি মতেক অতুনা লাই হরাওবা, সিবা তুমীংপুনা লাইরোই কৌই। মীওইবা ঐখোয়না হরাউ তাম্বগী লংলা মতং অমদা য়ান্দুনা সোয়হৈদ্রবা অসিববু লাউখোক্লুনা হিংনরি। মসিবুনা মীনা হরাউবা কৌই। লাই

হরাউবা হায়বা কুমহৈ অসি মীতৈ রাঙউবা (দর্শনিক) সিংনা লাইনিং লম্বী, লাইফঙ লম্বীত্তনা তাসিন্দুনা সেমলম্বা কুমহৈ অমনি। অসিদা নত্তনা মীতৈগী ঈনাং ঈসিন্ ফিজেং চাকচা (কৃষ্টি সংস্কৃতি) লোয়না সিল্লোন (সাহিত্য অমদি কংলেলোন (ইতিহাস) অসি- নাংবা সুনা যাউরবা কুমহৈনি। সম্না হায়রবদা— মীতৈ লাই হরাউবা হায়বা কুমহৈ অসিদি মীতৈবু মসক তাকপা কুমহৈনি।

লাই হরাউবদা অমুম্না সৈসক্লি— "সিবু থোইনা হরাউবা লৈবরা? লৈবনে" হায়না। মসি কন্না হায়রিবনো? মতুদি মীনা হরাউ তোইন্নাবা অসি নত্তবা লাইনা হরাউবা অমা লৈ হায়বনি। হায়বদি- মপানথোংগী মান। হরাউরিবা কুমহৈ অসিদা পেন্থোক্লগু, হুংগী রাঙউলোন (অধ্যাত্মিক দর্শন) দা পেল্লু হায়বনি। মাওইবা ঐখোয়দি পানগী কুমহৈদা তাওদুনা লৈরম। লাই হরাউবা হায়বা কুমহৈ অসিবু অচৌবা অমা ওইনা লৌনবতনি।

পিক্লিবা অঙাংসিংনা লাই ফাদিবিবু সান্নদুনা হরাউ তোই- যানজে। লাই ফদিবীনাদা হরাউদে।

অতংগুম্না মীওইবা ঐখোয় অসিসু মপু মাগী শান্নপোংনি। মরম অতুম্বা মীওইবা ঐখোয়না হরাও তোইযান্না ভাইহাক্তুং হিংজরিবা পন্সি মতেক অসি মপু মানা হরাউরিবনি। মীওইবা ঐখোয়না ভাইহাক্তুং হরাউজরিবা অসিদি মপু মানা হরাউবগী মমি অতনি।

মরম অসিনা মীওইবনা পোকপদগী সিবা ভানবা ফাউবা পুন্সি মতেক অতুবু লাই হরাউবা কৌঈ হায়রিবনি।

# লাইপো
## (লাইবৌ)

লাইপো হায়বা অসি করিনো? মতুদি:— লাইপো হায়বদি অপোবা, মীৎনা উবা লাই হায়বনি। মীৎনা উবা লাই হায়বদি য়োই ময়াই তাউদলবা, লাইলেল তাউলোই- লাই, কোইলো অয়েংবা, রাংবা নিংথৌ পানচুম্বা হুমিং কোবা লাইবু লাইপো কৌই। মরম অতুনা লাইপো লা অতুনা হুনীংকী শক্তমনি।

অতুগা লাইপো শকুম লৌরিবা লা অতুগী মথক্তা লাংথৈল (লাংথ্রৈ) মতোন অতুন্না লৈহুল তরিবা অতুনা মভাং-লুরাং-খুমন কোবা মতম অহুম (ত্রি সন্ধ্যা) গী মসকনি। অমনা তাইবংপাল হায়বা অসি হুমনিগী তাইবঙনি হায়বা তাক্লি। হুম্নিগী তাইবঙ হায়বদি-পোকপা নোংমা, হিংবা নোংমা, সিবা নোংমা মুপ্না হুমিং হুম্নি অসিবু হুম্নিগী তাইবঙ কৌই।

অতুগা লাংথৈলৈ হায়বা লৈ অসিনা তাক্লিবদি :— মীওইবা ঐথোই অসি হুমিত্তগী লাংওন থৈথরকপনি, হায়বগী লাংওন থৈথ-রকপা লৈ, লাংথৈলৈ (লাংথ্রৈ) কৌই। হায়বদি :- মীওইবা ঐথোয় অসে হুমিং কোবা লাইগী চাদা নোদানি হায়বা খঙহলি।

# লাইপো চকোই
## (লাইবো জগোই)

লাইগী চকোই হায়বা অসি করিনো ? মতুদিঃ- মালেম লৈমনা মুমিংপু কোয়ববু লাইপৌ চকোয় কৌই। চকোয় হায়বদি মতম কৌবা লাইবু 'চক' কৌই। 'চক' কৌবা চগোদা মালেম লৈমনা কোয়। মরম অদুনা মালেম লৈমনা চকপু কোয় হায়বগী চকোয় (জগোয়) কৌই। অদুগা মালেম লৈমনা মুমিংপু কোয়বা মতমদা মসা লৈন-লৈন কোয। মালেম লৈমনা লৈন-লৈন কোয়বা খোঙ-থাং অমমুং সাথেক অদুনা চকোয় শুংথেক কৌই। চকোয় অসিবু মালেম লৈমনা চকপু কোয়বগী সাথেকনি হায়দুনা লৈমা চকোয় কৌই।

অদুগা লাইপৌ চকোয় সাবা মতমদা চকোয় খুংথেক ৩/৩ মুবদা চকোয় সাবিসিংনা মসা অমুক অমুক লথোকই, লৈনা লৈনা সাই। মসিনা তাক্লিবদি— মঙাং. লুবাং. খুমন কৌব মতম অদুমনা খোঙথাংবী মালেম লৈমনা মসা অমুক্তং পূমলৈ লৈবদা নোংমা কৌবা ওইববু তাক্লি। মীতৈ লাই হরাউবা হায়ব অসি য়াঙউলোন অমদি লৌসিং কাংলোন (বিজ্ঞান) অনিমক মুপলবা কুমহৈনি।

অদুগা লাইপৌ কোয়রিবিদে মঙ্গংদা মাইবীনা অমুম্না হায় 'লাই নিংথৌ মনাই লাইরেম্বীগী মনাইসা। লাইগা-লাইগা চোংগা-চোংগা অমদি থাংগা-থাংগা মপা মপা য়া-য়া তৌসে হায়দুনা।' ময়াম্না মপা

মপা ওন্সিন্নহুনা য়া-য়া তৌই। মসিনা করিবু তাক্লি ? মাহুদি- খুবাক নামতা খুবদি মখোন থোক্তে খুবম্ব য়াদে। খুবাক্ অনি খুরবদদা মখোন থোকই, য়াই। হায়বদি— তাইবঙপাল হায়বা অসি নামতনা ওইবা য়াদে, অনিগী তাইবঙপালনি হায়বা ফোংদোক্লি। মহুদি— লাবা-অমোম, মুপী-মুপা অমদি পী পা হায়রিবা অসিবু তাইবঙপাল কৌই। অম্মুম্না অনিন চাদা নৌদাহুনা তাইবঙপাল ওইবা য়াখি হায়বগী "য়া-য়া" হায়না হায়রি।

অহুদগী লাইপৌ চকোয় খুৎথেক ৬৪ না হকচাং সাবা লোই-বে হকচাং সাবা লোইরবদা রাংগোনসঙ চংলে। মসিনা অনিনা তাইবঙপাল ওইবা য়াখি হাযবত্ত মহয় য়াল্লে। পলেম পি-বুকমুং লাইদাম থাবুম তরা শুবহুনা মায়োক্লবী চংহুনা তাইবঙ লমচাউ ফাউরে। ঈঃ সাদেংলে, ংম্ভৌনা হৈ নিঙ্খৌ পিরে নৌরা সালেপ ফাবে, ফিক্সেং লৈঙেলে। নৌরা অঙাংনা সালেপ ফাব ফাওবদা লাইপৌ খুৎথেক ৩৬৫ মুবে।

অসাই নৌরা অম মিতম লাকপদা চকোয় খুৎথেক ৬৪ চংই। অহুগা নৌরান সাল্লেপ ফাবা ফাউবদা চকোয খুৎথেক ৩৬৫ চংই। মাসিনা তাক্লিবাদি-পাক চাউরবা মালেম অসিগা পিরবা করাং অসিগা চপ মান্নৈ মরম অহুনা মালেম লৈনন মসা অমুক লৈবদা পুং ৬৪ (যুথক ৮) চংবা অহু নৌরা অমা মিতম লাকপগা চপমান্নৈ হায়বা তাক্লি হায়বদি নৌরা অমা মিতম্বা অসি নোংমগী মগুংনি হায়রবা তাক্লি।

অমনা মালেম নৈমনা চুমিংপু অমুক কোয়বা শুংরদা চুমিং ৩৬৫ নি (৬শী অমা) চংঙই। অদুগা নোংমানা সালেপ ফাত্তনা ভাইবঙ লমজাও ফাউবকপসু চুমিং ৩৬৫ নি চঙই। অদুনা লাইপো চকোয় খুংথেক ৩৬৫ সুরিবনি।

হায়বদি—ভাইবং মী হায়বা ঐখোয় অসে পুং ৬৪ না সাবা নোংমা কৌবা লাইদা ভাইবঙ মিরেল তম্মি। অসুম তৌনা ভাইবঙ মিরেল মপুং লাক, পা ওইবগী কয়াং চুংদা পাগী মহৈ ওইনা লোই-দাম থাবুম অনি পাদা নৌ পুরে। পলেম পিবুকচুংদা লোইদাম থাবুম তরা নৌপুরে। পুন্না চুমিং ৩৬৫ নি (চহি অমা) নৌ পুরে মসীবু খঙনবা লাইপো খুংথেক ৬৪ অমদি ৩৬৫ সাবিবনি। মরম অদুনা লাইপো খুংথেক ৬৪ না নোংমা ওইবা মতম্ভু তাক্লে, লাইপো খুংথেক ৩৬৫ না চহি কৌবা মতম্ভু তাক্লে।

অদুদগীদি খুন্দা নৈতারে, যুম কৈ সারে, ফিসা লোনসারে অমদি লৌউ সিংউরে। মসিনা মীতৈ হায়বা ফুরুপ অসি নৈবাক মচা তাবা (সভ্যতা) ওইবা ফুরুপ অমনি হায়বা তাক্লি।

# লাইলেল মথেক

## (লাইরেল মথেক)

লাইলেল মথেক হায়বা অসি করিনো? লাইলেল মথেক হায়বদি মপু মাগী মকোক তুম্লগা মমৈ পাকপবু লাইলেল মথেক

কৌই। হায়বদি— অমা হায়বা মপু মহাক্না অহৌবা মসিং ওইরগা মসীচ থিঙমদবা তাইবংপা'ল ওঙ্গৈরকপা, মথং মথং চাদা নৌদারকপা অসিনু লাইলেল মথেক কৌই। লাইলেল হায়বদি মপু মগী লাংওন [মপোক] বু লাইলেল মথেক হায়রিবা অসিনি।

অহুগা লাইলেল মথেক সানবা মতমদা চোং মরি য়ুংলগা চোংগী মায়দা লিং লিংতুনা লাইলেল মথেক সান্নৈ। মসিনা তাক্লিবদি—চোং মরি অতন খোয়দৌ পান্দলগী ফাংখো চুক মসিনি। হসং হন্দা লিং লিংতুনা সান্নবিবা লাইলেল মথেক অহুনা তাইবঙ লাংওনি। হায়বদি—তাইবঙ খোয়দৌদগী লিখথিজুনা তাইবঙ চাদা নৌদাখিবনি, লাংওলখিবনি হায়বা মপুগী থৌশিলন উহল্লি। অদুগা লাইলেল মথেক সান্নবা মতমদা কায়হৈদে, তংহৈদে হায়রি। মসীনা তাক্লিবদি—ইবুঙো মহাক্না তাইবঙ কুমহৈ অসিদি অতং অয়ম লৈতবা, লোয়ন্না নাইবরোইদৌবা কুমহৌনি হায়বা তাক্লি।

অমন চোংগী পাফল মথক্কা মাইবী অনিনা কিবুল অমা হসং হন্দা হন্দুনা অওক অপোং তৌহুনা সান্নৈ। মসিনা তাকলিবদি কিবুল অহুনা খোয়দৌ থম্বালগী লৈহি ওইনা লৈরিবা তম্ফা (ফম্বী) মরিকনি। হসং হন্দা কিবুল হুনবা শান্নরিবা মাইবী অনি অহুনা পী পা অনিগী পান্দমনি। মরম অহুনা মপুগী লাংওন সরুমনা তম্ফা মরিক অহুনি, লাংওনফম্না পী পা অনিগী তাইবঙ কুমহৈদনি হায়রবা তাকলি।

# লাই নুপী থিবা

লাই নুপী থিবা হায়বা অসিনা করি তাক্লি? মাহুদি— মীওইবনা সালেপ কাংথোং ফারকপবু লাই নুপী থিবা কৌই। হায়বদি মীওইবনা সালেপ কাংথোং ফারবদি যুমনাইলোনদা খোঙ-দাববু তাক্লি। অমনা অনিগী তাইবঙনি হায়বসু নিংসিংহল্লি।

অহুগা লাই নুপী থিবা হুনিত্তা মতৈ-মনাও, থোকুনা লাইগী মমাঙদা চকোয় সাই। চকোয় অনিবু মতৈ-মনাউ চকোয় নোংপোক পান্থোইবী চকোয় অমদি খম্বা থোইবী চকোয় হায়না হায়। চকোয় অসি হুপানা খুহুম সিঙনা সাই, হুপীনা থেক্লা নোনা সাই। অহুদগী চম্প্রা ওকপাদা অনিমক চপমান্ননা শামিনরগা খুজেং লৈবাদা লোইসিল্লি।

মসিনা তাক্লিবদি-চকোয় সারিবা হুপা অহুনা মীওইবগী অরাঙবা রাথনি। হুপী অহুনা লমহেন চাউবী পুক্লিংনি। হুপানা খুহুম সিঙনা সারিবা চকোয় অহুনা রাথল্লা পুক্লিংপু খুহুম চন্দুনা কল্লকপা, মীহেবা, লোনবা, অসাওবা, নাপল অমদি অপাম নুংসি হায়রিবা যেক্লবা তরুক অসিবু থাদোকপা ফোংদোক্লি। হুপীনা থেক্লা নোনা চাবা হাওগদবগী মতৌমান্ননা সারিবা চকোয় অহুনা মীওইবগী অরাঙবা রাথল্লা লমহেন চাউবী পুক্লিংবু খুহুম

চনবনা পূক্লিংনা মাগী নাপল তেকুনা তেথ—নৌথরকপবু কোংদোক্লি।

অহুগা হুপা, হুপী অনিমক চম্প্রা ওকপী চকোয় সারিবা অহুনা তাক্লিবদি লাইনিং অহনশিংনা লমহেন চাউবী পূক্লিংবু অবাঙব রাথন্না চপসিন্দুনা থম্বদগী য়েক্লবা পূক্লিং তক্কমক মাঙখিহুনা অওকপা (অপেনবা) ফংববু-রাথন্না পূক্লিংবু চপ্পুনা থম্বদগী অওকপা ফংই হায়রগী 'চম্পা ওকপী' চম্প্রা ওকপী হায়না হয়রি। হায়বদি—মীওইবগী অরাঙবা রাথন্না পূক্লিংবু খুদুম চল্লবদি য়েক্লবা লাংলো ওইরিব। পূক্লিং ওমক মাংখিহুনা তঙঙগ্রবা মমল নাইদবা অপেনবা হয়রবা মতুং অহুবু ফংই হায়রবু চম্পা ওকপী চকোয়না তাক্লি। অহুগা চম্পা ওকপী চকোয় সাবা মতমদা খুং নামা নামা সিন্দোক সিঞ্জিন তৌনা নোংথক্তা হায়গংতুনা ফুগায়না সাংপা থম্বাল লৈকাগী মওং মান্না সাই। অসিনা তাক্লিবদি খুং য়েংনা রাথন্নি, ওয়না পূক্লিংনি। মীওইবনা অপেনবা হায়বা মহুয় কংদ্রিবৈদদি মীওইবগী পুন্সি অসি রাথন্না ঙাইহাক ঙম্মী। পূক্লিংনা ঙাইহাক অমুক ঙম্মী। অমুম্না অফ-ফত্ত তঙ্খায় ওই। অহুগা পূক্লিং খুদুম চন্দুনা অপেনবা মহুয় অহুদা তিনশিনবসিং অহুদি রাখনগা। পূক্লিংগা লাহৈনবগী মৈসা অহু মুংখ্রে। পূক্লিং রাথন হায়বা তোঙানখিদ্রে, অমত্তা ওইখ্রে। মপূ মাবু ঙাইহাক নিংশিংজবনা রাখন ওইখ্রে। তাইবঙপানগী য়াইফ লম্বী ওইনবা নিংঙকপনা পূক্লিং ওইখ্রে। লাইবু হঙ্গংনা য়েংবগা তাই-

তঙপান্দা হন্থনা য়েংবগা খেন্নবা লৈখিদ্রে। লাইদা হঙ্গৎনা য়েংবস্থু লাই ওইনা উথ্রে, তাইবঙপান্দা হন্থনা য়েংবস্থু লাই ওইনা উথ্রে। সনাগা লৈবাক্কা চপ মান্নন উথ্রে। অথান অরাই লৈখিদ্রে; চপমান্নদনা হুংশিন্থ্রে।

অসীগুম্বা মী মহাক অহুনা লাইবু হঙ্গৎনা য়েংবস্থু মপুগী মকাই থম্বাল ওইথ্রে। তাইবঙপান্দা হন্থনা য়েংবস্থু মপু মাগী মকাই থম্বাল ওইথ্রে। মরম অহুনা চপ্পা একপী চকোয় থুংথেন্না থম্বাল লৈকা মওং মান্নিবনি। অমনা তাইবঙপান্দা হন্থনা য়েংবগা লাইদা হঙ্গৎনা য়েংবগা চপ মান্নথ্রে হাইবদু থুং নাম নাম সিলোন সিঞ্চিন সারিবা চকোয় অহুনা তাক্লি।

অহুগা লমহেন চাউবা পুক্রিং তরুকপু থুদুম চন্দুনা অহেনবা হাবেব মহুয় অহুদা তিন্নবা মতমদা থাগৎপা হেন্না লৈখিদ্রে, পুক্রিঙ্গু-নস্থু হেনা তাখিদ্রে, চপমান্নদে তেথ লৌথখ্রে। রাধংগা পুক্রিংগা খেন্ননা লৈরম্বা মরক অহোবা অহু অপেনবা হায়বা মহুয় অহুনা চিংশিনখ্রে। নসিবু থুজেং লৈবা চকোয়না তাক্লি।

মতৈ মনাও চকোয়দু করিগী লৈংলোক পদ্দোইবী চকোয়, খম্বা থোইবী চকোয় হায়রিবনো ? মাদুদি— মীওইবগী রাধন্না রাঙনা থল্লকুনা কোয়নো নোংদোন ফংনা থল্লকপবু নোংলোক হায়না হায়রি। অহুগা লমহেন চাওবী অথোয় নাপলবী পুক্রিংনা অরাংবা রাধনগী তুংইন্দুগা পানগী কুম্মোদগী পাঞ্জল

থোইতুনা রাখলদা তিনসিনখিববু, পুক্রিংনা পানগী ; কুমহৈদগী পাঙ্গল থোই হায়বগী পাম্থোইবী হায়না হায়রী। অমনা মীওইবগী রাখন্না থমথেংনা থনববু খন্বা হায়না হায়রি। হায়বদি মীওইবগী রাখন্না রাঙথংল কুনা রাখনগী অথম্বা মকম ওইরিবা লাইদা থেংলুববু খন্বা কৌই। মীওইবগী রাখন্না রাঙগে হায়না রাঙলবদা লাইদা থেংলু-বদা লেন্নে। অরোম্ববু খন্বা হায়বত নে। অতুগা মাওইবগী পুক্রিং হায়বা অসি মখল ৬ সুই। মদুদি- কল্লকপা, মীহৌবা লৌনম্বা অপাউবা, নাপন অমদি অপাম তুংসি হায়রিবা অসিনি। অসিগুম্বা ফল্লবা পুক্রিংসিং অসিনু রাখন্না থুত্তম সন্দুনা অথোইবা পুক্রিং ওইখিববু থোকনী হায়না হায়রী।

## লাইরোই

লাইরোই হায়বা অসী করিনো? মদুদি- মীওইবগী লোম্বা (সিবা) তুমিংপূ লাইরোই কৌই। হায়বদি-মীওইবা ঐথোযনা সিবা তুমিংপু লাইরোই কৌই। হায়বদি-মীওইবা ঐথোয়না হরাউ তয়াম্না ঙাইহাক্তং হিংজরিবা পুন্সি মতেক অসিবু লাইনা হরাউরি-বনি হাযবগী লাই হরাউবা কৌই। মীওইবা ঐথোয়না হরাউ তয়াম্বনি হায়না শঞ্জরিবা হরাউরিবা অসাদি লাইনা হরাউবগী মমিনি। অতুনা মীওইবা ঐথোয়না হরাউরিবা অসি লাইনা হরাউবা ওইবনা মীওইবগী পুন্সিনা খন্বা তুমিত্না লাই হরাউবা লোয়রে। মীওই-বনা ইমাগী পিবুকসুংদগী তাইবঙ লমজাউ ফাউরকপা তুমিংপু লাইহৌ কৌই। হিংলিঙৈ পুন্সি মতেক অতুনা লাই হরাউবা

কৌই। পুন্সিগী হুমিংনা য়াচঙশিনা হুনিংপু লাইরোই কৌই। মীওইবগী পুন্সিনা য়াচঙগ্রবদা হক যংনা মালেম থত্তা তাকৌরে, থৌরায় কৌবা চুংসিথোক্লবা চেক্লানা কোয়রো নোম্পাথ্রে। মসিবু লাইরোই অমদি লাই নোঙ্গাবা হায়রিবা অহনি।

## উকল্লি হংকেন।
### (ঔগ্রি হঙ্গেল)

উকল্লি হংকেন হায়বা অসি করিনো? মত্রুদি-চকচাংগী হংদগী (হকচাং কোন্দগী) কেন্দুনা মাঙথিগদবা তফা (ফঙ্গী) বু কনানবা হোংনববু "উকল্লি হংকেন" কৌই। হায়বদি-লাইনিঙ অহনসিংনা লমহৈন চাউবী পুক্রিং মথন তরুকপু খুত্নম চন্দুনা ত্তায়বঙ্গী অপাম হুংসি কুমহৈ থাববু "উকল্লি হংকেন" হায়না হায়রি।

## উকল্লি হংকেন সান্নবা।

কে কেক কে যো যো।
য়াংকেন সম্বা সাউ সাউ।
কৈগা য়েনগা তোকপগা কাম্বগা।
কনানা ওম্বগে য়েংনসি।
য়েনথোং ফত্তে চাসিল্লো।
লাইগী য়েন্নি চাফদে।

উকরি হংকেনগী রারোল অসিনা করি তাক্লি ? মচুদি-ঈমুং চীঙ্খৈরবদা লমগী চেক্লা য়েনসিংনা য়াকাইরক্লে, কায়রৈ য়েনখোং তমলক্লে। তাইবঙ হকচাংগী য়েন (ফম্বী) সু অপাম মুংসিদগী চীঙ্খৈরবদা য়'কাইরক্লে। মসিবু "কে কেক কে মো-মে" হায়না হায়রি। অদুগা অপাম মুংসি চীঙ্খৈরবদা হকচাংগী য়েন (ফম্বী)না লেম্ফুদগী য়াংলেন সিংলি লাইলেল কোবদা কুমথরক্লে। য়াংলেন সিংলি লাইলেল কোবদা কেল্লকলিবা য়েন অদুবু লাইনিঙ অহন-সিংনা পুক্লিঙ খুদুম চন্দ্রনা লেম্ফুদা অনুক হনগৎখিববু "য়াংকেন সয়া সাউ সাউ" হায়না হায়রি।

অদুগা মীওইবগী রাখন্না কৈনি, তোকপনি। পুক্লিঙনা য়েন্নি অমদি কাপনি। রাখনগা পুক্লিংগা লাম্বেংনবদি রাখন্না সোয়দনা ঙম্মী। মসীবু 'কৈগা য়েনগা, তোকপগা কাম্বগা' কনানা ঙমগে য়েংনসি" হায়না হায়রি।

অদুগা অপাম মুংসি কোবা পুক্লিংগী মোইথেমদা লেম্ফুদগী কেল্লক্লিবা য়েন অদু রাখন খেনবদগী কেল্লক্লিবনি। রাখন খেনবগী থল্লুরবাদি অপাম মুংসি কোবা পুক্লিংদা পাংথোকাশবসু য়ারে। অদুবু হকচাংগী য়েন হায়রবা অসি হকচাংগী লাইনি। মহাক লৈরাং-তনা মীওইবনা হেনিংনিংনিংনা, হরাও তাইরান্না হিংদুনা লৈরিবনি। য়েন্নুনা হকচাংগী লাই ওইদুনা রাখন লোসিংগী মৈরা ওইরিবনি, পাঙ্গল চৈসো ওইরিবনি, পুন্সি লিসাং ওইরিবনি, অসুম ওইবা য়েন অসীতনা মমলবা তাইবঙ কুম্মৈ য়াউবা ঙম্মিবনি। মরম

অহুনা হকচাংগী লাই ওইবা য়েনবু মাঙহনবা য়াদে অসিনি। মসিবু "য়েনখোং ফত্তে চাসিল্লো, লাইগী য়েন্নি চাফদে" হায়না হায়রি।

# সরি (রাসক) সান্নবা

সরি সান্নবা হায়বা অসী লাই হরাউবগী মশুং নত্তে। রাঙউবা (দর্শনিক) মায়চৌসিংনা তুংগী মীতৈনা (মচা মশুসিং) না উননবা থেংনল্লম্বা মসান্না অমনি। নিংথৌ পাম্‌হৈবগী মতমদা মীয়াম (ময়াং) মচা সান্তিদাসনা মীতৈলৈপাক নমথহনা মীতৈদা রামান্দি থর্ম্ম নমহনা পীখি। চুম্না লিচংতা মাংহনবা নত্তনা লাই ওইরবা মীতৈ পুয়া ফাওবা মৈ থাদোকখি। অসিগীসু মথক্তা মীতৈবু সরি নামুং রাশকহ্দুনা তুংথঙ (নোংথ্রং) ইচাপকনখি। অসিগুম্বা থৌওং অসিবু মীতৈনা শিক্লকনা সরি নামুং রাসক অমবু কোকচনবা হায়রহনা লাই হরাউবদা সরি সান্নবা হায়বা মসান্না অসি হাপচিনবীরম্বনি। সরি সান্নবগী মতুং রাফম অসি উম্নবা মীতৈনা থম্মোয় কায়রোইদবা নৈতে। রাফম অমা পাম্‌হৈববু নিংথৌ হায়রিবা রাহৈ অসি কবিগীনো? মথক্তা পানখিবা পুম্নমক্তা নিথৌ কেরগা, মরুদি- নিংগী (নোংচুপকি) মানা শেম্বা য়াখি হায়বগী পাম্‌হৈববু নিংথৌ হায়না চীংউ খাংনাং থাবনা থোল্লম্বা নিংসৌনি হায়না হায়রি।

সরি সান্নবা মওং-থৌরি অমা কোয়সিন্নগা থৌরি লিতোন অনি অহ্ সরিক অমা পূন্সিল্লি। কোয়রিবা থৌরী অহগী মহুংদা মী খরা চঙসিল্লগা থৌরী লোংনা পায়হনা লৈ। অহ্‌দগী অমাইবনা থৌরি পায়রিবসিং অহ্‌দা খুরক্তা লা মচেৎ অমমম য়েপ্পি। রাংহনা অমুন্না হায়- "হুইথি য়েপসি" হায়না। ময়াম্না "ময়েপসে" হাযনা থুম্মী। অহ্‌দগী মাইবীনা সরিক থিংলকই। অহ্‌দগী অমাইবনা হায় 'সরিং লিৎসে' হায়না! ময়াম্না 'মলিৎসে' হায়না থুম্মী। অহ্‌দগী থৌরী পায়রম্বসিং অহ্ থৌরীগী রাংমদা লিথোকলে থৌরী থাদোক্লে। অহ্‌দগী মী অনি অনি মাই মাই ওন্সিন্নহনা খুৎকা খুংকা পায়নবম্বা অহ্ লোংনা লোংনা লৈথোক্লবে। অমুম তৌরগা সরি সান্নবা লোইরে।

মসিনা তাক্লিবদি-সরি সান্নবগী থৌরী অহনা "রামানদি ধর্ম্মগী" কোঙ্গোই লাংনি। থৌরী মহুংদা থৌরী পায়হনা লেপলিবসিং অহনা রামান্দি কোঙ্গোই লাংদা থুরবা মীতৈ ঐথোয়নি। ফুরুপ অমগী লিচৎ (ধর্ম্ম) বু ফুরুপ অমগী লীচৎনা নমথহনা মাগী লিচৎ পীবদি-লিচৎ অহ্ অচুম্বা লিচৎ নত্তে। লিচৎ নাইদবা হুইগী লিচৎনি: মরম অহনা হুই লিচৎনা নমথখিবা মীতৈগী লংলবা লিচৎ অহ্ খিসি হায়বগী "হুইথি" হায়না হায়রি। খিফমদি লাদা লৈরে, হায়বদি পূয়াদা ইহনা লৈরে হায়বগী খুরক্তা লা মচেৎ য়েপলিবনি। (মীতৈলোন্দা চেবু লা কোই) খুদমদি—লামাই, লাতম, লাথুপ অমদি লাতোন অসিনচিংবনি।

অহগা মাইবীনা সরিক খিংলিবা অহনা তাকপদি-মীতৈগী লাইনিঙ লিচত্তি সাগী লিক (লম্বী) নি। হায়বদি—মীতৈগী লাইনিঙ

অহুনা হকচাংগী লাই ওইবা য়েনবু মাঙহনবা য়াদে অসিনি। মসিবু "য়েনখোং ফত্তে চাসিল্লো, লাইগী য়েন্নি চাফদে" হায়না হায়রি।

# সরি (রাসক) সান্নবা

সরি সান্নবা হায়বা অসী লাই হরাউবগী মরুং নত্তে। রাঙউবা (দর্শনিক) মায়চৌসিংনা তুংগী মীতৈনা (মচা মসুসিং) না উননবা থেংনিন্নবা মসান্না অমনি। নিংথেম পামহৈবগী মতমদা মীয়াম (ময়াং) মচা সাস্তিদাসনা মীতৈ লীচংপু নমথহনা মীতৈদা রমান্দি থর্ম্ম নমহনা পীখি। চুন্না লিচংতা মাংহনবা নত্তনা লাই ওইরবা মীতৈ পুয়া ফাঙবা মৈ থাদোকখি। অসিগীসু মথক্তা মীতৈবু সয়ি নামুং রাশকহদুনা তুংথঙ (নোংগ্রং) ইচংহনখি। অসিগুম্বা থৌওং অসিবু নীতৈনা খিকাহুনা সরি নামুং রাসক অচবু কোক-চনবা হায়রহনা লাই হরাউবদা সরি সান্নবা হায়রবা মসান্না অসি হাপচিনবীরম্বনি। সরি সান্নবগী মরুং রাকম অসি চুরবা মীতৈনা থম্মোয় কায়রোইদবা নৈত্তে। রাকম অমনা পামহৈববু নিংথেম হায়রিবা রাহৈ অসি কনিগীনো? মথক্ত পানখিবা পুরমক্তা নিথৌ কৈরগা, মতদি- নিংগী (নোংচুপকা) মীনা পেম্বা য়াখি হায়বগী পামহৈববু নিংথেম হায়না চীংউ থাংথাং থাবনা থোল্লম্বা মিক্নৈনি হায়না হায়রি।

সরি সান্নবা মঙং-থৌরি অমা কোয়সিন্নগা থৌরি লিতোন অনি অহ্ সরিক অমা পূন্সিল্লি। কোয়ন্নিবা থৌরী অহ্গী মহুংদা মী থরা চঙসিন্নগা থৌরী লোংনা পায়হ্না লৈ। অহ্দগী অমাইবনা থৌরি পায়রিবসিং অহ্দা থুরক্রা লা মচেৎ অমমম য়েপ্পি। রাইহনা অম্নুন্না হায়- "হুইথি রেপসি" হায়না।ময়াম্না "ময়েপসে" হায়না থুম্মী। অহ্দগী মাইবীনা সরিক খিংলকই। অহ্দগী অমাইবনা হায় 'সরিং লিংসে' হায়না! ময়াম্না 'মলিংসে' হায়না থুম্মী। অহ্দগী থৌরী পায়রম্বসিং অহ্ থৌরীগী রাংমদা লিথোকলে থৌরী থাদোক্লে। অহ্দগী মী অনি অনি মাই মাই গুন্সিন্নহুনা খুংকা খুংকা পায়নবম্বা অহ্ লোংনা লোংনা লৈথোক্লরে। অসুম তৌরগা সরি সান্নবা লোইরে।

মসিনা তাক্লিবদি-সরি সান্নবগী থৌরী অহনা "রামানদি ধর্ম্মগী" কোঙ্গোই লাংনি। থৌরী মহুংদা থৌরী পায়হুনা লেপলিবসিং অহনা রামান্দি কোঙ্গোই লাংদা থুরবা মীতৈ ঐথোয়নি। ফুরুপ অমগী লিচৎ (ধর্ম্ম) বু ফুরুপ অমগী লীচৎনা নমথহ্না মাগী লিচৎ পীবদি-লিচৎ অহ্ অচুম্বা লিচৎ নত্তে। লিচৎ নাইদবা হুইগী লিচৎনি। মরম অহনা হুই লিচৎনা নমথখিবা মীতৈগী লংঙ্গবা লিচৎ অহ্ থিসি হায়বগী "হুইথি" হায়না হায়বি। থিকমদি লাদা লৈরে, হায়বদি পুয়াদা ইহ্না লৈরে হায়বগী থুরক্রা লা মচেৎ য়েপলিবনি। (মীতৈলোন্দা চেবু লা কৌই) থুদমদি—লামাই, লাতম, লাথুপ অমদি লাতোন অসিনচিংবনি।

অহ্গা মাইবীনা সরিক খিংলিবা অহনা তাকপদি-মীতৈগী লাইনিঙ লিচত্তি সাগী লিক (লম্বী) নি। হায়বদি—মীতৈগী লাইনিঙ

লশ্নীদি হক্নী লাইনিঙনি হায়বগী সরিক থিংলিবান। ঙসিমক মাই-বীনা সিজিন্নরিবা সরিক অসি মীতৈগী লাইনিংনা হকচাংগী লাইনিঙ ওইবা, সাবু (হকচাংবূ) মসক খঙবা সাগী হৌরকফম লিখুন থিবা লিচং ওইবনা "সরিক" হায়না মমিং কৌবনি। সরিক হায়বা রাহৈ অসি মীতৈ লিচংকী লাইনিঙ লিপুন্নি।

অতুগা "সরি লিংসে" হায়রিবা অসিনা তাকইবদি— সা (হকচাং) অসি শান্তিদাসকী ধর্ম্মগী লাং অতুদগী লিথোক্লি হায়না হায়রি। সা লিথোক্লি হাযবগী থৌরী অতুদগী হকচাং লিপোক্লিবা অতুনি। (ঙসিমক সা লিথোক্লবা কাংলুপ্তি মীতৈ মরূপ হায়রিবা অসিনি।)

অমনা "সরি হনসে" হায়রিবা রাহৈ অসিনা তাক্লিবদি— শান্তিদাসকী ধর্ম্মগী লাংদগী নাম্থোক্লবা মীতৈসিংনা লুংখং ইরুপ্লদা সকথিবা সরি নামুং অতু অুক হন্দোক্লদবনি হায়বা তাক্লি। (ঙসি-মক লৈরিবা মীতৈ মরূপ হায়বা কাংবু অসি সাদি লিথোক্লে, সরিদি হন্দ্রি। মরম অতুনা সবি হনবগী মপৌ তাই নত্রবদি- তিনপুং-লাইপুং মখন-মখন পকলক্নি হায়বা অসি কাওফদ্রবনি।)

## ফদি ফোৎসে মফোৎসে
## য়েত্তুম (য়েত্তুম) হলসে মহলসে।

হায়রিবা রারোল অসিসু লাই হরাউবগী লাইরোল নত্তে পাউ-রোবা রাহৈনি। রাহৈ অসিনা তাক্লিবদি— মীতৈনা "রামন্দি ধর্ম্ম লৌরুইদা মীতৈগী হান্নগী ফজবা চৎনরোল পুন্নমক মাঙহনগ্রে।

ঙায়বদি—মীতৈগী লিচৎ, লাইনিঙ লাইসোল, লোইনা সিল্লোন (সাহিত্য), ঈনাং ঈসিন (কৃষ্টী সংস্কৃতি) রাওউলোন (দর্শন-জ্ঞান), কাংগলেন (বিজ্ঞান), অমদি কংলৈলোন (ইতিহাস) অসিনসিংবা পুন্নমক পুম্বাঙ মাংহনখ্রে।

অহুন্না মাতৈগী যাই ওইরবা লল পুন্নমক কাং-থোং চাইহ্না লাইরিক লাইস্তু পুন্নমক সেগাইরবা ফদিনা সিজিন্নবা য়াদহ্না হাংজাহ্না মাংবিশুরমকম অমদা নংেৎ থর, মফম অমদা রাইহ থর মবি অমদা পাউবো থর পোথম পোংলি নাইদনা কোইচাই চাইহনা লেপ্রে। মরম অহুনা সেগাইরবা কি ফোংসিনবগুম মাংহ্রবা মীতৈগী যাই ওইবা লল মথাম অসি খোনজিন্নবা হায়হ্না নতিক চাউরবা ঈপা ঈপানিংবা ওসিগী মীতৈদ লিপুন অমা পীবিরি।

# পৌ চিংনবা

পৌ চিংনবা থৌরম অহুনা তাক্লিবদি- পুক্লিং অনম্মুং রাখন অনি চাং য়েংনবনি। পৌ পায়রিবা হুপীগিন পুক্লিংনি হুপাসিংনা রাখনি। হুপীগা হুপাগা পৌ চিংনবদি হুপানা সোয়দনা ঙম্মি। অহনা বাখনগা পুক্লিংগা লাম্থেংনবদি রাখন্না সোয়দনা ঙম্মী। মরম অহনা হুপী হুপা পৌ চিংনবদা হুপানা নমহনা ঙম্লিবা অহনি। মসিনা তাকইবদি- পুক্লিংনা ফনা য়াম্না লমহেনবী ওইরবস্তু রাখন্না ইরাই লায়না খুহুম চনবা ঙম্মী হায়না তাক্লি।

# পেনা

পেনা হায়বা মসি করিনো? পেনা হায়বদি— পুক্নিংগী নাকোং পেবা, হায়বদি— পুকনিঙ সুমহৎপা থোম্মাং অদুদু পেনা কৌই। অমনা লাইনিঙ অহনসিংনা তাইবঙ কুমহৈ থাহনা অপেনবা হায়বা মহয় অহু ফংলবদা অপাম পামদবা শাইদবা অথিবা ফজবা লৈতবা অমদি অচান অরাই নাইদবা চপমান্নবা উথিবা, তেংবানবা পুন্নমকপৃ লাই ওইনা উগ্রবা, য়েক্রবা লিললু মপূ মাগা চপমান্নবা থনগ্রব।' অপেনবা মহয় অহুবুসু পেনা কৌই।

অহুগা লাই হরাউবগী পেনা সৈসক্তা অসুমনা হায়রি— "হৈঈঙৈদা নোইবদি মৈনা রাই, তাংনা সন্না নোংযে" হায়না হাযরিবা ঈশৈ অসি লাই হরাউবগী মগং চনবা ঈশৈ নত্তে। সরি সান্নবগুম্বা ঈশৈনি। মীতৈ মাইচৌশিংনা অসেঙবা মীতৈগী মরি উননবা সেন্নবা মিংসেন্নি। ঈশৈ অসিনা তাকলিবদি— হৈঈ চকহৈদা (পামহৈবা নিংথৌগী মমাংদা) হরাউরম্বা লাই হরাউবা হায়বা কুমহৈ অহুদি মীতৈ "পূয়া" মৈ থাথিঙৈদগী অসেংবা হরাউব হায়বা অহু লৈত্রে। পূয়াদা ইতুনা লৈবা অসেঙবা হরাউবা হাযবা অহু মাংহনগ্রে। মবম অহনা নীগীবা (হিন্দুদা) তাংহনা অতাংবা রাহৈ রাতা থেৎচিন্দুনা মীতৈগী থর হিন্দুগী থর সমজিনন্দুনা লাই হরাউরে মীতে লাই হরাউববু রাস লিলানি হায়রে। হৈ মিংথৈ সৈসকপা

াইহৈশিংবু অকাম রানি হায়রিগে। মাইবীনা লাইলোল লোনবদা মীগী মরোল সিব-মহাদেবনচিংবা থেৎসিল্লে। ঈশৈদা "হরি হে নরায়ন, রাম কৃষ্ণ নরায়ন" অসিনচিংবা য়ানসিল্লে। হঙ্গেন অত্তেকপদা চৈ পোবগুম তেকস্‌ তেক্কবা মীতৈ লাই হরাউবদা মীয়ী হাপু মরাম চাইসিরে। মসিনু "হৈঈওদা নোইবদি মৈনা রাই, তাংনা সন্ন নোইয়ে" হায়না হায়রি।

# হৈ লাউবা

## (হোয় লাউবা)

হৈ লাউবা অসি করি নো? মহৃদি— রাঙউলোন (দর্শন) হাপবা অসিদি হৈ সিদবা মপূনু নিঙনা লগীনি। মরম অসিনা রাঙউলোনগী রাইনা সৈনক মৈথাব, ইবুঙো মহাকপু নিঙনা ফঙনা লগী তাকপা রাইহৈশিংনু হৈ লাউবা কৌই।

# হৈ লাউবগী ঈশৈ

## (১)

সাপল নৈরি লৈথোঙনা
নৈসু নিংথিরে, কোংয়াংসু নিঙথিরে।

ঈশৈ অসীনা করিনু তাকি? মাহৃদি সা (হকচাং) না পল ওইদুনা, তাইবং হকচাং গুংদা মপু মহাসা য়াইবী থৌরায় ওইদুনা

'লবী। হায়বদি— মপু হায়বা মসক মসা উবা ফংদবা উখোক্লকপা থোৱমতনা ইবুংঙো মহাকপু লৈ হায়বা থাজবা মথৈদা ম াইবা, থিবদি থঙদবা অমদি য়েংবদি উদবা ইবুংঙো মহাক্তি তাইবঙ হকচাং পোলাং অসিনা পল খাতুনা হকচাং কুংদা য়াইবী থোৱায় ওয়তুনা হকচাংগী লৈয়েংবু ইবুংঙো মহাক্কী মিংথৈ লৈরাংহন্দুনা লৈবী হায়বগী "সাপল লৈরি লৈখোঙদা" হায়না সৈথারি।

অতুগা হকচাংগী লৈয়েংনা ইবুঙো মহাক্কী মিংলেন মিথৈবু সকচ-সোঞ্জববু,— ইবুঙো মাবু নিঙবনি অমদি থিবনি হায়বগী "লৈস্থু নিঙথিরে" হায়না সৈথারি। অননা মীতৈলোন্দা রাবু কোংয়াং কৌই। কোংয়াং হায়বা রাহৈ অসি রাবুনি। মরম অতুনা রা (কোংয়াং) হায়বা রাহৈ অসি মীওইবগী রাথুনবুনি। হকচাংগী লৈয়েংনা মপূগী মিংথৈ শোন্দুনা ইবুঙো মহাকপূ নিঙলা অমদি থিবগুম্না মীওইবগী রাথনস্থু ইবুঙো মাবু নিঙই অমসুং থি হায়বগী "কোংয়াংস্থু নিঙথিরে" হায়না সৈথারি।

হায়বদি— তাইবঙ মীওইবনা লাইবু নিঙবসি লৈয়েংগা রাখলগা পাতুনা নিঙই অমদি থি। লৈয়েংতনা লাই মিংথৈ সোনবনস্থু লাইনিংবদি কোবা য়াই। রাথন য়াওদ্রবদি লাইফঙবা ওহব য়াদে। রাখস্তনস্থু লাইনিঙবা য়াই, লৈয়েংনবু ইবুঙো মহাক্কী মিংথৈবু শোন্দ্রবদি লাইফঙবা ওইবা য়াদে। মরম অতুনা রাখনগা লৈয়েংগা পাতুনা মপু মহাকপূ নিঙলবদদা মপু মাবু ফঙই হায়না হায়রি।

২

## মচিনথৈদা লুয়ুম্বা
## লুবান সেগায়রে।

ঈশৈশ অসিনা করিবু তাক্লি? মথুদি— মীওইদগী পূসিনা নম্বা ওইরিবৈ (মনিথৈ) দা অপাম হুংশি কুমথৈদা করাম চাউমনখিবন লু কেমহনা, থুমহনা মাঙহনগ্রবা মীওইশিং অহুদি,— থুনা পুন্সি লৈমন চল্লি সমা পাঙ্গল মনেং তাই, মিচি নাহুই লোল্লি, পূন্সি চৈসিঙ ভেল্লি মতম চাদনা যা তেকই, পোক হৌই মিং তাঙই অমদি রাথল লৌশিং সোইরোম্মী। মরম অসিনা লাইনু নিংববু ঙমহৌদা, মীযামগী কান্নবা থৌবম অমত্তসু তৌরম্বা ঙমদা লেপকপগী মহৈ যান্দবা নোইনিং ফৌহাম ওইহনা তোকই। মসিবু "মচিনথৈদা লুয়ুম্বা লুবান সেগাযবে" হাযনা হাযবি।

(৩)

## রাঙ খুদেঙ মায়পাকপা
## লাইজ থন্না হাপচিল্লো।
## চৈরৈ পোপ-পোপ সুদোকও।

ঈশৈশ অসিনা তাক্লিবদি— মীওইবগী লেম্ফুবু "রাঙ খুদেং" হাযনা হায়রি। লেম্ফুদা রাখন লৌশিং হাপচিনবদা চন্দবা লৈতে থনবা লৈতে হায়বগী "মাযপাকপা" হায়রি। অহুগা অফবা

রাশবা রাখন হায়বসি লাগনি। অদিগুম্না লাই ওইরবা রাখন লৌশিংবু লেফ্দা পৈশিন্দুনা থমউ হায়বগী "লাইঙ্গ থগ্না হাপ-নিরো" হায়না হায়রি। অমনা মীওইবগী লেফ্দা খাংবা রাখন লৌশিংবু পৈসিন্দুনা থমউ। ফত্তবা রাখন লৌশিংবুদি চৈরৈ (কি) অমোংপা সুদোকপগুম্না ফত্তবা রাখন লৌশিংনুদি থাদোকউ হায়বগী "চৈরৈ পোপ পোপ সুদোকউ" হায়রি।

হায়নদি— মীওইবগী লেফ, হায়বা অসি রাখন লৌশিংগী তুংনকনি। তৌইগুম্বসুং রাখন লৌশিং হায়বা অসি অাবা হায়বা অমা ফত্তবা হায়বা অমা অনি সুই। হৌনিরুনা লেমফম্দা রংফম ওই। অদুনা অনিগী মরুংদগী অফবা রাখন লৌশিংগা পুক্নিংদা লেফ্দা পৈশিন্দুনা থমউ ফত্তবা রাখন লৌশিং থাদোকউ লেফ্দা থমগনু হায়না হায়রি। ফত্তবা রাখন লৌশিং হায়বদি কপকপা মিহৌবা, লৌনম্বা, অমাউবা, নাপন অমদি অপাম হংসি হায়বদা ত্রুক অসি ফত্তবা রাখন কৌই, পুক্নিংদু কৌই। অফবা পুক্নিংবু রাখন কৌই ফত্তবা রাখনবু পুক্নিং কৌই। অদুনা পুক্নিং রাখন হায়রা অসি মম্না অমগুনি। অফবা নিংবা রাখন, ফত্তবা নিংবু পুক্নিং হায়রকনি।

৪

**রাকোনও—র কোকও!**

চৌংদগী রাকে না

তনদা তাগে মহায়বা।

তমগী রাকোন্না
চীংদা তাগে মহায়বা।
রাকোন ফাসে লিফাসে
রাকোন তনোই নোই।

ঈসৈ অসিনা তাক্লিবদি—মীওইবগী লেমফু (কোক) হায়বা অসি রাখন লোসিং পৈফম রাকোন্নি। অদুগা মীওইবগী খোয়দো মথা খুদোন অনি হন্নবা লাইগী ফম্বাল ওইরিবা খোয়দো থম্বাল হাযবিবা অসিসু পুক্লিঙ হায়বা রাখন অদুগী পৈফম রাকোন্নি। অদুনা রাখনগী তুংনফম্না কোক্নি। পুক্লিঙগী তুংনফম্না খোয়দো থম্বালনি। কোক্না চীংনি, খোইদো থম্বান্না তম্নি। রাখন্ন চীংগী রাকোন কৌই। পুক্লিংনা তমগী রাকোন কৌই।

মীওইবগী অপাম হুংসি কৌবা পূক্লিংগী মোইথেম্না সুম্বত্নুনা লেমফুদা রাখন মৈরা ওইনা লৈরিবা তম্ফা (ফম্বী) না লেমফুদগী কুমথরক্লুনা খোইদো থম্বালদা তুংলববু,- "চীংদগী রাকোন্ন তমদা তাগে মহায়বা" হায়না হায়রি। অদুগা অরাংবা রাখন্না পূক্লিংবু খুদুম চন্দুনা অপাম হুংসি কুম্মো থারবদা খোইদো থম্বালদা তুংলিবা তমফানা লেমফুদা কারকপবু "তমদগী রাকোন্না চীংদা তাগে মহায়বা" হায়না হায়রি।

অমনা পূক্লিং খুদুম চন্দুনা অপাম হুংশি কুম্মো থারগা তম্ফাবু পৈসিন্দুনা থম্লবদি- মীওইবগী রাখন লোসিং ভাম্থোরকই, নোইথোক

চাওথোক্লকই হায়বগী—"রাকোন্না ফাসে লিফাসে, রাকোন তনোই নোই" হায়না হায়রি।

হায়বদি- রাথনগী তুংনফম্না মীওইবগী লেমফুনি। পুক্লিংগী তুংনফম্না খোইদো থম্বালনি। লেমফুবু চীং কোই. খোইদো থম্বালবু তম কোই। রাথন্না চীংগী রাকোন্নি, পুক্লিংনা তমগী রাকোন্নি। চীং অমদি তম অনিমক্কী রাকোন ওইবীবাদ- হকচাংগী তম্ফানি। অমুম ওইবা রাকোন অসিবু অপাম হুংসি কৌবা পূক্লিংনা সুম্বৎতুনা তম্ফানা লেমফুদগী কুমথরক্লুনা খোইদো থম্বালদা তুংলে। অতুগা রাথন্না পুক্লিংবু খুত্থম চন্দুনা অপাম হুংসি কুম্মৈ থাবগা খোইদো থম্বালদগী তম্ফানা কাখিল্লুনা লেমফদা তুংলুই। অমুম্না হকচাংগী তম্ফাবু পুক্লিংনা অমুক কৌথ, রাথন্না অমুক পূখৎ তৌই। মসি পুক্লিংগা রাথনগা লিচিং মান্নদবননি।

অতুবু মীওইবগী রাথন্না পুক্লিংবু চেৎনা খুত্থম চনসিন্দুনা থম্নবদি পূক্লিংসু রাথন্দা তিনসিনখি। অমুম্না পূক্লিং রাথন অনি লিতিন্নবা তম্ফাবু য়োক্লুনা (ব্রহ্মচার্য) থম্নবদি- মীওইবগী রাথন অসি ডাম্থোক্লকই অমদি নোইখোক চাওথোক্লকই হায়না হায়নি।

## (৫)

## নিংথৌয়েংবা চাগন্ন নুশীৎ য়ুংগনি।

ঈসৈ অসিনা তাক্লিবদি— ডাইবঙ নিংসাবু থৌবিরিবা নিংসাদা সাদোং ওইরিবা,- য়াইবী থৌন্নাই ওইন্নিবা— পান্দা লৈরগা তেংপানবা

মপু হায়না খঙনরিবা লাইনিংথৌ ইবুঙো মহাকপু য়েংবা উনবগী-দমক্তা হকচাংগী তক্কাবু পীনবি। অসুম ওইবা তক্কা অসিবু অপাম হুংসি কৌবা পুক্নিংদা পীখোকহু। অতু ওইয়বদি পুন্সি আসদা য়েক্নবা তিংথং লৈতনা, সামা পাঙ্গল ময়েং তাদনা কুচু কুমেন ফজনা রাথন লৌসিং মৈরা চাওনা, পুন্সি হুংসাংনা, চীংউ নিংথৈ কাওদনা, নহা পুন্সি চৈরোইনা— পুন্সিগী হুমিং চাইথখিবা লৈতনা হুমিং য়ুংবগী মতমগুম মীয়াই ওইবা কিবমদা পুন্সি লোম্বা ঙম্মি। মসিনু— "নিংথৌ য়েংবী চাগহু, হুমিং হুংগনি" হায়না হায়রি।

(৬)

ঙাপ্রমনা উকাবা
থাজদনা উতোন লোম্মিদা।
থরোইনা মীচিকপা
থাজদনা সরু ফংইদা।

ঈসৈ অসিনা তাক্লিবদি— ঙাপ্রম্না কৈদৌঙৈদসু উ কাদে অতুগুম্না মীওইবগী রাথন হায়বা অসিনা রাংথংলক্লুনা তাইবঙপানগী হেরককম অমদি লোমকম ওইরিবা,- নিংনা উবা ফংদবা, খোঙনা চংকম খঙদবা তাইবঙ মাংয়েগী রাংমদা অলোম্বা ওইনা লৈরিবা মপু মাবু ফংগনি হায়বসে কনানসু থাজনদে। অহুবু রাথনগী পাঙ্গল হায়বা অসি অঙকপা পাঙ্গম্মি। রাথম্না লাকঙম কাঙমদ্রবী লমহেন চাওবী পুক্নিংবু থুহুম চন্দুনা তাইবঙ কুমহৈ তুংওইমগ্রবদা,— তাইবঙ কুমহৈগী রাংমদ অলোম্বা ওইনা লৈগ্রবা, হুমিং থানা

থানা য়োঙমদবা, অমম অঙাল খাইথিদ্রবা অমদি অচৌক অসা লৈতবা মপু মাগী মকাই ফমলেল ফাংখোঙবু ফংবা ঙমজে। মসিবু "ঙাপ্রন্না উকাবা থাজদনা উত্তোন লোম্মিদা" হায়না হায়রি। অমনা থরোইনা কৈদৌঙৈদসু মী চিক্তে। অহুঙম্না মীওইবগী পুক্লিং হায়বী অসিনা লাকঙম ফাঙমদ্রবী লমহেন চাওবী ওইহুনা মীওইববু হিংগাই লমচিংহুনা লৈবনা,— পূক্লিংনা তেথরক্লনা তাইবঙ সা (হকচাং) গী হৌরকফম মরু লেম্ফু ওইনা লৈথ্রবা মপু মাবু ফংলঙনি হায়বা অসে শুকথাবু থাজনদে। অহুবু মীওইবগী রাথল হায়বা অসিনা লমহেন চাওবী পূকনিংবু খুহুম চনথ্রবদা পুক্লিংগী নাপল তেক্লনা কল্লকপা, নিহৌবা অসাউবা লৌনম্বা, অমদি অপাম ফুংসি হাযবিবা ময়াই তরুক অহু থাদোক্লনা রাথন্দা তিনসিনথি। মরম অহুনা পূকনিংনা রাথনবু মপুরোইবনি হায়বা খঙলক্লনা মিংয়েং পাংসোই লৈতনা মপুরোইবনি হায়বা খঙলক্লনা মিংয়েং পাংসোই লৈতনা মপুরোঈবগী থৌগল চৈরোইনজথি। মরম অহুনা রাথনগী লমথৈফম ওইরিবা, সাগী হৌরকফম মরু (সারু) ওইরিবা মপু মাগী ফম্বাল ফাংখোং ফংবা ঙমদ্রে। মসিবু "থরোইনা মিচিকপা থাজদনা সরু ফংইদা" হায়না হায়রি।

(৭)

সা কোমপেক চাগনু
ময়ু চোমগনি

ঈশৈ অসিনা তাক্লিবদি-সা (হকচাং) কোনগী তম্ফামা সা অসিবু কোনসিন্দুনা সা অসি য়াইফনা লেল্লিবনি। অতুনা হকচাং কোনগী য়াই ওইনী তম্ফাবু অপাম মুংশি কৌবা কৈদা পীজথোক্কনু হায়বগী "সা কোমপেক চাগনু" হায়না হায়রি। অমনা তম্ফা কৌবী লাইরেম্বীবু পূক্লিংগী কৈদা পীজথোকত্রবদি পূন্সি অসি মসেক মঙাল (নমু) চাউনা, হকচাং নাদ য়েক্কুনা য়াইফনা লেনবা পুন্সি ওই হায়বগী "নমু চোমগনি" হায়না হায়রি।

হায়বদি- তাইবঙ হকচাং কোনবু চেংনা চান্না কোনবিরিবা মরিক অমনা তাইবঙ মগুং লেপ্লিবা, মরিকপু লিকসিনবদা লাই-ফংনরিবা, য়াইবী থৌরায় ওইরিবা, রাখন মৈরা ওইরিবা, হকচাং কোনগী তম্ফাবু অপাম মুংশি কৈদা পীজথোক্কনু অদু ওইরবদি-পুন্সি লমদাং সাংনা, সাম্ব পাঙ্গল কন্ন, পূক্লিং মকা লান্না, নাদ য়েক্কনা, কুচু কুমেন ফজনা, চীঙউ মতিক খঙনা, হৈ-মিখ্রৈ চৈরোইনা অমদি রাখন মৈঙাল চাউনা পোকপা মহৈ য়াল্লি হায়না

৮

অঙৌবা....সগোল তোংবরা ?
নিংথৌরেলগী সগোল্লি,
মমৈ গে-গে লাউবনি
অঙৌবা....সগোল তোংবরা ?

ঈশ অসিনা তাক্লিবদি— মীওইবগী পুন্সিনা হন্থু লৈমন চল্লকপদা- মুরম্বা সম্লাংনা পুপনিংগ্রে। অঙোবা সম্লাংনা (পোক্ল) লৈতেংলক্লে। মসিবু "অঙোবা সগোল তোংবরা" হায়না হায়রি। অহগা তাইবঙ মী হায়বা ঐখোয় অসিদি লাইগী মমৈনি। থৌরাই পানবা (জীব) পূম্নমক্তগী হেন্দোক্লা ফজথোইবনি। লাইনিংথৌ ইবুংঙো মহাক্কী সাদোংনি। অহুবু মতমগী পাঙ্গল্লা কনবনা হন্থু লৈমন চল্লক্তুনা অঙোবা সম্লাংনা লৈতেংগ্রে, সাদোংগ্রে। নহাওঙগী লাই মানবা গে-গে লাওনা ফজরম্বা সক্তম অহু মাংগ্রে। মসিবু "নিংথৌরেন্নগী সগোন্নি মমৈ গে-গে লাউবনি অঙোবা সগোল তোংবরা" হায়না হায়রি।

হায়বদি— মীওইবা ঐখোয় অসিদি চীংউ লাইগী মমৈনি, ঙমথংনি। থোরাযপানবা পূম্নমক্তগী থোইদোক হেন্দোক্লা ফজথোইবনি। অহুগীসু মথক্তা নহা ওইরিঙৈগী পুন্সি মতেক অঙনা অমুক হেল্লা ফজথোইবনি। অহুবু মতম মানা কনবনা নহা ওইরিঙৈগী লাই মাল্লম্বা নিংথিবা সক্তম অহু মতমগী ঈগুংদা লুপ্তুনা মাংগ্রে, হন্থু লৈমন চল্লক্লে কম্লাক কুক্ক কারক্লে, লাইগুং লায়নানা লাঙ্গোইনবক্লে সংগী দাৱী) মালে কাবদা হৈ মিংথৈদা চেসোনবক্লে, হেন্দো নাহে খোম্বা লিসাংনবক্লে ঈপাক থঙী কোঙ্গোম্না চিকমাঙনখিবগুম অনুবা সম্লাং চিকমংনখ্রে অঙোবা সম্লাংনা লৈতেংলক্লে নহা ওইনিঙৈগী গে-গে লাউনা ফজরম্বা লাই মানবা সক্তম অহু মতমগী ঈগুংদা কেকু লোংগ্রে, য়োংঙী সক্তম্না পোলোইরক্লে। অমুম

তৌনা মীওইবগী পূন্সিনা মতমগী ঈচেন্দা তাউংরক্তুনা হন্নু হিদেন্দা থুংলরবদা, নহা্ংগী নিংথিবা সক্তমদা হন্দৎনা য়েংহুনা তেংথারি।

## সালাইলেল (মোরারেল) গী লৈপাক্তা হুম্রি সুবা অঙাওনা বায়েল্লিয়ে।

ঈশে অসিনা তাক্লিরদি—সা= হকচাং, লাই=লাই, লেল= অথোইবা হায়বনি। হায়বদি সা লাই ওইবা অথোইবা= সালাই-লেল হায়বনি। সলাইলেল হায়বা লাই অসা, ঈপূংলোয অপকপা তেংবালবা মপু সিদবনা তাইবঙ পালবা সম্হোকহন্দুনা মরুং তাইবঙ কুইস্ব সাম্নগে হায়বগীদমক নমু তাইবঙ সক্তম ওইনা সাইওন তৌবা লাইনি। তেংবালবা মপূ মহাক্না সইওন লাংওন তে বা সালাইলেল সিদবা লাইবু তাইবঙ পালবা মপূ (থৌরায়লেল) সিদবা কেউ। সালাইলেল সিদবা লাইনা তাইবঙ পানবা মপূ কোনা তাইবংগী থৌরায়লেল সিদবা ওইহুনা তাইবঙ হকচাং লুঙদা লৈ। মবম অসীনা তাইবঙ হকচাং অসীবু সলাইলেলগী লৈবাক কৌই। মসীবু "সলাই-লেলগী লৈপাক্তা" হায়রি।

অহুগা সালাইলেল সিদবা— তাইবঙ পালরা মপূ সিদবা লাইনা তাইবঙ হকচাং লুঙদা লেহুনা তাইবঙ হকচাং অপঙবা

অসাবু রায়েল থৌদাত্নুনা মপূ সিদবগী তাইবঙ কুম্মো সান্নরি। অস্মুন ওইবা সালাইলেল সিদবনা তাইবঙ হকচাং হুণ্ডদা লৈরগা তাইবঙ সম্মোকপা মতমদা নোরা অঙাঙ ওইনা সাইওন-লাংওন তৌরকই। ঈবুঙো মহাক্না সাইওন লাংওন তৌরকপা তাইবঙ অসীদি ম্লনিং হুন্নিগী তাইবঙনি। হায়বদি—পোকপা মোংমা হিংবা নোংমা, সিবা নোংমা অসীবু হুন্নিগী তাইবঙ কৌই। মসীবু "হুন্নি স্নুবা অঙাঙনা রাযেল্লিয়ে" হায়না হাযরি।

১০

চীংদা সাৎপা ইয়েল্লে!
চিন্নদনা কেনখিবা কল্লকই।
ঐনা কেনগে কেনদেদো,
মালংবনা হুম্বনা কেনবনে
মালংবা ঐস্নু কৈদোদে,
লৈরাং লৈখোক লোয়বনা কেনবনে।

ঈসৈ অসিনা তাক্লিবদি—ঈগী যেন্দগী লৈরাং থুমু হুল্লকপা লেমফূদা সাংগী লৈ, তম্ফা (ফখা) কৌবা লৈযোন্না মপু মাগী নাপ্নদা ভাঙ্গাদ্রিংদা ভমারিবা অপান লুংনি কৌবা পুরিংগী ঙান্না চিকথংতুনা মপুগী নাপ্নলেন্দ ভাঙ্গনা যংদবু—"চীংদা সাৎপা ঈযেল্লে! চিন্নদনা কেনখিবা কল্লকই" হাযনা হায়রি। অদুগা তম্ফা

কৌবী ঈয়েল্লৈনা হায়রি—তম্ফা কৌবী ঐনদি কেনহবা অমদি কেনহেদবা লৈখোক্না সাংপনি, ঐনা কেনগে কেনবা নংতে। ভমথীরবা অপাম থুংসি হায়বা পুক্রিঙগী থুংসিংনা হুম্বদা কেনবনে হায়বগী "ঐনা কেনগে কেন্দেদো, মালংবনা হুম্বগী কেনবনি হায়না হায়রি।

অতুগা অপাম থুংসি কৌবী পুক্রিংগী মালংবনা হায়রি-"অপাম থুংসী কৌবী পুক্রিঙ ঐদি রাখনগী মায়রে তুংইনবনি, তম্ফা কৌবী ঈযেল্লবু য়েক্লবা লৈতে। মীওইবনা রাখন থেনবনা পুক্রিঙ ঐবু থুগম চনবা ঙমদতনা ঈয়েল্লৈনা কেনবনি হায়বগী 'মালংবা ঐসু কৈদোদে, লমাং লৈখোক লোয়বনা কেনবনে" হায়না হায়রি।

হায়বদি ঈগী য়েন্দগী লৈরাং থুমু ঙল্লগা লেম্ফদা সাংপী লৈ. তম্ফা কৌবী ঈয়েল্লৈবু ভমথীরবা অপাম থুংসী কৌবী পুক্রিংগী ৎয়া চিকাংতুনা তাইবং ক্লুপ্পগী লৈমাইগক্তা চাইথাইতুনা মাঙহল্লি। ইতোগী হায়রা লৈবাং অসাদি অচম্বা লৈবাং নংতে। হায়বঙগীদি পুন্সি লৈ, থোংবায লৈ, পাঙ্গল লৈ, রাখন মৈথা লৈ অমদি লাইকং লেনি। অনিগুম কানবব হকচাংগী লাই ওইরিবা লৈরাং অসিবু অপাম থুংসি কোবা পুক্রিঙনা চাইথাইতনা মাঙহনখিবসিবু কললকই অসিনি।

অতুগা তম্ফা কেবী ঈযেললৈদি-কেনহবা অমদি কেনহদবা লেখোক্না সাংপনি। অপাম থুংসিগী থুংসিংনবু সিংলকত্রবদি ঈয়েল্লদি কেনবনৈতে, অপাম থুংসিগী থুংসিংনা হুম্বদা কেনবনি

**অতুব-** অপাম হুংসি হায়বী পুক্লিংনা ঈয়েল্লৈবু যেক্রুবদি নত্তে। মীওইবনা রাখন থেনবনা পুক্লিংবু খুদম চনবা উমদবদগী পুক্লিঙগী লমহেন চৈথেংনা ঈয়েল্লৈনা কেন্দুনা মাঙজবনি হায়না হায়রি।

১১

অরাঙ কৌক্রু অসুপ্পা।
ঈয়েল খুন্দা অহানবা!
নোংথৈ মউ লিংবা!
ঈলিক মপান থাবা!

ঈসৈ অসিনা তাক্লিবদি— মীওইবা ঐখোয় অসি অহানবদা ঈপাগী ঈয়েন ওইরুনা ঈপাগী লেমকু (কৌক্রু)দা তুঙহনা লৈরম্মী, অতুদগী মপুগী নোংদমখোন্ন কনবনা নৌরা মিতম লাক, চা ওইনা লাংওল্লকুনা তাইবঙ সিন্থা সঙদা ফাউবকই।

অমনা তাইবঙ যেনহো অহানবরুস্থ তাক্লি— তাইবঙপানবা ঐখোয় অসে অহানবদা হুমিং কোবা লাইদা তুঙহনা লৈরম্মী। অতুদগী হুমিং পুঙোই অঙম হুংদগী লাঙওন থৈথরকুনা কৌক্রু চীংদা ঈয়েল (তাইবঙ) খুন্দা অহানবা ওইরুনা তাইবঙ হোৎথি। তাইবঙ চাদা নৌদাহুনা সন্দোকখি হায়না হায়রি।

## ১২

**হৈরাংখোইনিদা চানবা হৈনিদা।**
**সিবু থোইনা হাউবা হৈদি**
**চিন্দম্বা হৈনিদা।**

ঈশ অসিনা হায়রিবদি— হৈরাংখোইনা তমক্লবী পলেমগী খোমলাং সক্তমনা "হৈরাংখোই" হায়না হায়বি। অদুগা মচা ওয়বনা চাননবা হৈনি হায়বগী "চানবা হৈনিদা" হায়না হায়রি। পলেমগী খোমলাংগী নাম্নবা হাউবা অমা লৈত্রে হায়বগী "সিবু থোইনা হাউবা, হৈদি" হায়না হায়রি। মচা ওয়বনা অহানবা চাকচা ওইনবা হৈনি হায়বগী "চিন্দম্বা হৈনিদা" হায়না হায়রি।

হায়বদি— হাউজিং হৈরাংখোইনা তমজবী পলেমগী খোল্লাং থুমখোইবানা অহানবা চাকচা ওইনৈ। পলেমগী খোমলাংগী নাম্নবা হাউবা করিগুম্বা চীঞ্জাক অমত্তা লৈতে। পলেমগী খোল্লাংনা হাওবা হেল্লি। অদুগী মথক্তা পলেমগী তম্পাকথক্তা লুংঙাইনা ওন-থোক্তনা সান্নরবা. মহৌসা ওইনা পাঞ্জবা চাকুম তেকুনা চারি-হৈদি লাইরৈবাকপু ওইরমি। অমা মৈসাম্ব লাংলনদে, তাইবঙ থৌরম্সু নল্লমদে। অসুম ওইবা অচাং ওইরিবগী লুংঙাইবদো মতমগী ঈচেম্না অঙাঙ হায়বা পলবু নমথায়হনা পলেমগী খোল্লাংগা থাপাতারকহনখি। মালেম লৈবাক লৈমগী খোমলাংনা পূম্সিগী চাকচা ওইখি, তাইবঙ থৌরম্না থক্তা ননখি।

অঙ্গুম তৌনা অঙাঙ হায়বা মিংফম অদু মাঙখিত্তনা অহন হায়বা মিং অদুদা তিনসিনখি। পুনসিনা অহন ওইরক্লবদা তাইবঙ থৌরন্না কোক্তা থোং, লাইশুং লায়নানা নমদা পো, মুঙাইবনা মতিন তুমাসিনখিবা, অরাবনা নোংমা নোংমগী মতিন পাকথোকলবদা,— পশেনগী থোঙ্গাং থুমথোইবাগা নকুপিংগী শুঙাইব পুসি অদুবু হঙ্গংনা যেংতুনা লেংথাখি। অনন মীওইবগী পুসি চেংশিন লোইরবদা, তাইবঙ কুমহৈ সংলেল অনীদা রাংলেল নিকুপ অমত্তবু পনকম লৈরকত্রে। মনম অসিনা তাইবঙ নুমদা সং অনীবু থাদোক্লনা তাইবঙ ঈপাকথক অসিবু লান্থোকপা হায়রবদা — হিরেল পাসে লৈরক্রে। মতম অদুদা "ঈমা" হায়বা ভুংসিথোইরবা মিংলেল মিঙ্খে অদুনা রাকায় হিরেল ওইদুনা তাইবঙ ঈপাক লানচমান। "ঈমা" হায়বা মিংথৈ অসি তাইবঙগী লায় হিরেলনি হায়রবু পলেমগী থোঙ্গাংদা থুং শিন্নি।

১৩

মরায় লৈকায় থসাল সাংলে,
খোইমুনা ইল্লে খোইরাবা!
সাবী লা-লাউ চৎসি লাউ!
কল্লকপা য়াল্লা কঞ্জাউবা য়াম্মী
মাঙদা থাদো লাউ!

ঈসৈ অসিনা তাক্লিবদি— মীওইবগী খোয়দোবু ময়ায় লৈকাই কৌঈ খোয়দো মথা থুদোন অনি হন্নবা মফম, মপৃ মাগী মকাউ ফম্বালবু খোয়দো থম্বাল কৌই। মসীবু "ময়ায় লৈকাই থম্বাল সাংলে" হায়না হায়রি। অতুগা কল্লকপা, মীহৌবা, লৌনমবা অসাউব, নাপল অমদি অপাম হুংসি হায়রিবা পূক্লিংসিং অসীবু খোইমু কৌই। মসাবু "খোইমুনা ইল্লে খোইরাবা হাযনা হায়রি"।

অতুগা খোযদো থম্বালগী লৈহি ওইরিবদি তম্ফা (ফম্বী) নি। তম্ফা হায়বা অসীদি সা (হকচাং) গী পীনি। হায়বদি- হকচাংগী থোরাযনি। মরম অতুনা তম্ফাবু সাম্মী পীনি হাযবগী "সাবী" হায়না হাযরি। অসীগুম্বা খোয়দো থম্বালগী লৈহী ওইরিবা তম্ফাবু চুপকে হাযবগী পূক্লিংগী খোইমুসিংনা খোয়দো থম্বালবু মুনা মুনা য়েংহুনা লৈবি। মসিবু "কল্লকপা য়াম্মি, কঞ্জাউবা য়াম্মি" হায়না হায়রি।

অমনা পূক্লিংবু রাথম্না খুহ্ন চন্দূনা তম্ফা লৈহিবু কল্লূ হাযরি। মসিবু "মাঙদা থারো লাউ" হায়না হাযরি।

হায়বদি- তাইবঙ ঈযাযদা সাংলিবা লৈরেল থম্বাল মাগী অথুম্বা লৈগী (ফম্বী) চুপকে হায়বগী,- কল্লকপা, মিহৌবা, লৌনম্বা অসাউবা, নাপল অমদি অপাম হুংসি হ.য়রিব। পূক্লিংগী খোইমুসিং অসিনা পূমকোয কোয়সন্দুনা (খোইরা য়ান্দূনা) মুনা মুবা য়েংহুনা লৈরে। মরম অতুনা থম্বালগী লৈহি থুনা কনখ্রগনি, পূক্লিং খুহুম চন্দুনা তম্ফা কৌবী লৈহিবু কল্ল হায়না হায়রি।

১৪

চেক্লা পাইখ্রবনা
পোম্বী হঙ্জিল্লকপদা,
চেক্লাগী কায়দোংফম খণ্ডবনা
পোম্বী কোরক্তাউনখ্রে।
সাবী ঈনেম মচা পাল্লুবী।
চাংনুং সানা লোক্তগী পাইবিরকও।

ঈসৈ অসিনা তাকিবদি- তাইবঙ হকচাং পোলাং অসীবু পোম্বী কৌই। হকচাংদা কাইদোংলিবা খোবায কোবা লাইবু চেক্লা কৌই। পোম্বী চেক্লা অসি কায়নরিউবু হিংলিবা পুসি কৌই। অসিনা কাযনথিবা লুসিংপু অসিবা হায়দিবা অওনি। মরম অদুনা মীওইবগী পুসিনা লোম্বা মুসিংতা পোম্বী হকচাংনা মোকফম থক্তা যাওখ্রে। খোবায় কোবা চেক্লাদি মাগী কাইদোংফম নৈরবনা অনৌবা কায়দোং অমদা চোংখ্রে। হায়বদি— অনৌবা তাইবং হকচাং অমদা চঙখ্রে মসিবু "চেক্লা পাইখ্রবনা পোমবী হঙ্জিল্লকপদা" হায়না হায়রি।

অদুগা খোরায় কোবা চেক্লানা অমনবা হকচাং পোলাংবু মুন্দোক্লগা অনৌবা হকচাং অমদা কাইদোংখ্রবদা,— হান্নগী অমনবা হকচাং পোলাংগী চেংলে। সকক্তমগা ওন্ন-ওনবা হকচাং অমা ওনখ্রে। পোম্বী চেংলো সকওন্ননা লাংওনলক্লে, পোক্লক্লে।

মাসব্ "চেরাগী কাইদোংকম খঙ্দবনা পোম্বী কোয়ঙাউনখ্রে" হায়না হায়রি।

অমন থৌবায় কেঁবা চেক্লাদি মাঙহৈদবা অমদি সিহৈদবা চেনানি, অদুনা তাইবংপাল অসিদা অমুক হল্লকপদি সোযহৈদ্রব্নি ত্তৈখক্লবসুং সিমবা হকনাংগী থৌযোযনি হায়দুনা ফোংনা লাকপদি য়াদিদে। মরম অদুনা তাইবং সলবা লোক, (মনালোক) পলেম ঈমাদ্গী লাইবক লাঙন সাক্ফোংলকই, পোক্লকই। মসিব্ "সাবী ইলেম মচা পাক্কুবী, চাঁইগা মনা লোক্তগী পাইবিবকউ" হায়না হায়বি।

হায়বদি তাইবঙ পুন্সি চেংক্লেল লোইরবদা হকচাং পোম্বীনা তাইবংপী থাদোক্লমা মোংকম থক্তা খোঙ্গেন তুমথুল তানখ্রে। থোবায় কেবা চেক্লাদি পোম্বী মাগী খোমলেন তুমথুল তানমিন্নবা লুক্লবা মরন্না মগী তুংসিরবা পোম্বীব্ লন্দোক্লমদুনা অনৌবা কাযদোং অমা লিখ্রে। পোম্বী চেক্লা অনিব্ অসিবা লাই অদুনা তোঙাল-তাঙাল থাইদোকপীরে। হকচাং পোম্বীনা সিহৈবা ওইবা মরন্না অসিবা লাইনা খুত্থম চনখ্রে। থৌরায চেক্লাদি মাঙহৈ-সিহৈদবা ওইবনা অসিবা লাইব্ ইনপুরন্নগা মনিং তমনা পাইখ্রে। অনৌবা তাইবঙ হকচাং অমদা চেক্লা কাইদোংখ্রে। চেক্লা মানা কাইদোংলুব্রিবা অনৌবা হকচাং অদুগী চেংলৌ সক্তমগা হান্নগী অমনবা হকচাংগী চেংলৌ সক্তমগদি মান্নদ্রে। পোম্বী চেংলৌ সকওনখ্রে।

মরম অতুনা তাইবঙ হায়বা ঐখোই অসিগী লাংওন (মপোক) দি লোইবা লৈতে হায়বদি মথঙই; তৌইগুম্বসুং সিথ্রবা হকচাং অতুনা নৌনা লাংওল্লকপনি হায়বদি পোখ্নী চেংলো সকওনখ্রবনা সিথিবা মী অতুমক্না হল্লকপা মপোক্নি হায়বা অসি অরেপ্পা খঙবা ঙমদে।

অতুগা থোৱাই কৌবা চেক্লাদি মাঙহৈদবা অমদি সিহৈদবা চেক্লানিনা, তাইবঙ হকচাংনা মনুম ওইবনিনা তাইবঙপাল অসিদা অমুক হল্লকপদি সোয়হৈদ্রবনি। তৌইগুম্বসুং তাইবঙপাল অসিদা ইকোং ফোংনা হল্লকপদি য়াদে। তাইবঙগী ঈনুংদা চঙতুনা "চা" ওইনা লাংওনতুনা তাইবঙ সলবা লোক (সনালোক) পলেম ঈমা-দগী তাইবঙ সাফোংলকই। মরম অতনা মাগী থোৱাযনা ফোংনা লাকপা য়াদবনা পলেম ইমাদগী পোকপিরকউ হায়না রাখননা তেংথারি

১৫

লানসোনবীগী লময়ায়দা
মুনুনা বারে পোখাবা
ঈপাম লমদম য়েংবদি
নুংসিবা মায়কৈ তামখ্রে।

ঈসৈ অসিনা তাক্লিবদি— মালেম তাইবঙপাল অসিনা তাইবঙগী লানসঙনি। লানসঙ অসিদা অসিবা লাইগা অচংবা লাইগা লাম্মেংনরি, তৌইগুম্বসুং অচঙবা লাইনা নোংম-নোংমগী

পাঙ্গল হন্থরকই, অনিবা লাইনা নোংমা-নোংমগী পাঙ্গল কনথং-লকই। মমথংদা অনিবনা সোযদনা লাল ছমনিহনা তাইবঙ পুন্সিবু লোই চনখি। মসিবু "লানসোনবাগী লময়ায়দা" হায়না হায়নি।

অমুনা অহুবা কৌবা লাইনা লান্দা সোন্দনা অনিবা লাইনা শমখ্রবসু, তাইবঙ থোরম্না নৈহংশব মুগ তাইবঙ হকচাং অসীদি মোংফম থক্ত মিকপ থোকপা লৈতনা পোখাহনা থোম্নেন মিকপ ঙানখ্রে। মসিবু "মুক্তনা রারে পোখাবা" হায়না হায়রি।

অগা ঈনা সাঙ্গিহনবা তাইবঙ হকচাং অসিবু পামহনা লায় কৌবা লাইনা কাইদোংলুই। তাইবঙ হকচাংনাদি অপহুব ঙওনিনা কপ্লকপা, মিহৌবা, লোননবা, অসাউবা নাপল অমদি অনাম-তুংসি হায়রিবা পুক্নিঙ তকশী মখা পোনখিবনা পোনসুম লাই চৎহনা "মপু" মাগী কোলোই মিংলেনবু নৈনোংনসু সোলহোবা ছমদা-রাথসু নিংহৌদা নক্না লৈবা মপুবু লাপ্না উথিবা মরমনা মসি থোইবা মপুগী লাদন ভামখ্রে হায়না থরাইনা হেংথাবি। মসিবু "ঈপান লমদম য়েংবাদি চংসিবা ময়াকৈ ভামখ্রে" হায়না হায়রি।

হায়রবদি-মালেম তাইবঙপাল হায়বা অচঙ অসিগী লানসঙ অসীদা অহুবা কৌবা লাইগা অসিবা কৌবা লাইগা অনি সাংহেং-নবদি অসিবনা সোয়দনা লাল ছমখি। থোইংগুম্বসুং অসিবনা অহুবদবু লাল ছমনবসু তাইবঙ থোরম্না নৈহংপারবা তাইবঙ

হকচাং অসীদি মোংফম থক্তা হিপতুনা মিকপ থোকপা লৈতনা নুংঙাইনা পোথাজে। অসিববু পোৎখাবনি হায়বসে মীতৈগী রাংউবা (দর্শনিক) ঈপা ঈপূসিংনা উরমলবনি।

অদুগা ঈনা সাইওনবা তাইবঙ হকচাং অসিবু পামলুবনা থৌরায় কৌবা লাইনিংথৌনা কাইদোংলুই। অদুবু তাইবঙ হকচাং-নদি অপঙবা ওইবনিনা কল্লকপা, মিহৌবা, লৈনম্বা অসাঙবা নাপল অমদি অপাম নুংসি হায়রিবা পুক্নিং তকক অসীনা খুত্তম চনখিত্তুনা পোনম্নুম লাই চুদুনা "মপূ" মাগী কোলোই মিংলেলস্নু লৈযেংনা সোনহৌদা-রাখন্নস্নু মপূ মাবু খিহৌদা নক্লা লৈবা মপুবু লাপ্না য়েংখিবনা মপূ মাবু উদে হায়না থৌরাইনা তেংথাবি।

লাইনিং রাথন নিপাল অসাগী মনুংদা পেন্থোকহৈবা হাযবা লাইনিং রাথন অসীনা থাইদগী অথোইবনি। পেন্থোকহৈবা হাযবা বাথন অসীগী রাহন্থোক্তি—ঈপা-ঈমাগা, মীগী মপা-মমাগা খেন্নবা লৈতবা, সনাগা, লৈপাক্কা খেন্নবা লৈতবা, মীপুম খুদিংমকপু ঐ ওইনা উবা ঙম্বা অদুবু পেন্থোকহৈবা বাথন কৌই। অমুন্না পেন্থোকহৈবা ঙম-খিবা মীওই কযাবু লাইনিংহন অমদি মাযচৌ মিংথোল ফংনখি, মথোয়না লৈপাক নিংথৌগী যাইফনবা হোংনবা ঙমখি।

তৌইগুম্সুং পেন্থোকহৈবা হাযবা লাইনিং রাথন অথোইবা অসীবু ফংননবা হোংনবা হাযবা অসী তরাইবা নত্তে। মবম অওনা মীওইবগী তেঙ্গবা পুন্সি অসীনা যেক্লবা ৬ কী কাঙ্গোই লাংদগী নান্থোক্লুনা লাইনিং লম্বীরোমদা খোঙদাবকপা হায়বা অসী থোই-দোক্লা অরাকগী মসকনি। অদুবু পুন্সিগী কুমীং চাযধরকপা মংমদা পাঙ্গল অমদি রাথনগী মযাই চাযথরকলবা মতমদা কিন্নকপগুম লাইনিং লম্বীদা চঙ্খরকপদা পেন্থোকহৈবা হাযবা লাইনিং রাথন অদু ফংবা ঙমদনা সমু হকচাংবু অসিবা লাইনা লৌসিনখিবনা হান্দুনা পেন্থোকহৈবা ফংবা ঙমদনা পুন্সি ফোহাম ওইহনা সিখি। মসীবু "পেনা সেমলিঙৈদা সামুরো যৌঠ হাযনা পাওবো তৌবি।

## লম্বী অসম্বা চৎকনু।
## ঈমা-ঈপা (গুরু) সিবা নংদে।

মথক্কী পাওরো অসানা তাকলিবদি— লম্বী অসম্বা চৎপবু নত্তে, লম্বী অসম্বা চৎপদি পাঙ্গল থর রাম্নবসু, থুদোং থীবা থব

থাকলবস্থু ঐবু সিত্রবদি ঈমা ঈপা সিবদি নংই। অতুনদি হন্দক্কী লম্বী অসম্বা চৎকন্নু হায়বা অসী অসম্বা লম্বী চৎপবু নত্তে, লম্বী অসম্বা চৎপদি লমংংফম থুনা য়ৌনবনি। লম্বী অসম্বা চৎকন্নু হাযবা পাংরো অসীগী রাহম্মোক্তি— মীওইবা হায়বা ঐখোয় অসী য়েক্লবা তরুক্লা পুন্দুনা হিংবা পৃন্সিনি। য়েক্লবা তরুত্তগী নাম্মোকপা ওম্বা মীওইদি মা লীপুন (কোটি) কয়াগী মংংদগী ১/২ নি, অযাম্বনা য়েক্লবা ওকী কিসি থোকপা ওমদহনা পৃন্সি লেন-খবা ওাক্তনি। মরম অতুনা অসম্বা লম্বী হায়বদি-কল্লকপা, মহৌবা, লৌনম্বা, অসাওবা, নাপল অমদি অপাম-ংংসি হাযরিবা য়েক্লবা তরুক্লা মপৃঙ ফানা থুডুম চনখিহনা তাইবংপাল অসীদা তৌইহদবা থবক কয়া তৌবা, চাইহদবা চিঞ্জাক কয়া চাবা, থুন্নায়গী পল রাংমা লান্না মনিং তমখ্রবা কাংবু অতুদি লম্মখাংদা পৃন্সি কমহনা মমা-মপা শিত্রিংেদা মহাক হান্না সি। মসীবু লম্বী অসম্বা চৎকন্নু ঈমা-ঈপা সিবা নংদে হায়রিবনি।

## অমম্বদা ইকাইবা হৈয়ো।

অমম্বা হায়বা অসী অহিং অমম্বা ওাক্তবু নত্তে, নুংথিল অংাল-বরুস্থু অমম্বা কৌই। অমম্বদা ইকাইগদবসিনা হেন্না মমখ্রে, অমম্বা কনাস্থু উদ্রবদা ইকাইবা হৈগদবসি করিনো হায়না থিবা তত্তাই-ফদ্রে। মরম অতুনা অমম্বদা ইকাইগদৌরিবা অতু কননো হায়বা মাওইবগী রাখল্লা থিবা নত্তনা খওবা ওমগদবা লৈত্রে। হৌজিক রাখন

মথৌ সঙ্জুনা থিরসি— অহিং অমম্বা ঙাক্তনা অমম্বা নত্তে, তুংথিল অঙালবসু অমম্বনি হাযখ্রে। মাওইবা ঐখোয় অসিম কুবু পূকচেল তিংনা চৎপা হায়বা অসী খ্বাইদগী অঙাংবা পোৎনি। মরমদি— কল্লকপা মিহৌবা, লৌনম্বা, অসাওবা, নাপল অমদি অপাম-তুং-সিনা খুত্থম চন্দুনা লৈরিবনি। কল্লক, মিহৌবা, লৌনম্বা হায়বা য়েরুবা অহুম অসীনা মীওইবদা থুনা চুসিল্লি। মরম অদুনা হুরাল চৌখীরোমদা পূকনিংগী হিরায থৈরকই অমম-অঙাল অনিমক্তা মীবু উদ্রবদি মমলে হায়রুনা মীগী মপোৎ হুরানবা মীগী তালোইবু মুকম্বী ওইনা থম্বা অসীগী অসী মী উদ্রে অমম্বনি হায়রুনা তৌবা ঙাক্তনি। তৌইশুম্বসুং মী উদে অমম্বনি হায়রুনা অপাঙবা পূকনিংনা তোইহল্লবসু পূন্নমকপু সেম্বীবা পূন্নমক উবা ঙম্বা ঐখোয়-নদি মাবু উদবা মপূ অমা লৈ হায়বা অসী খন্দূনা মপূ মাবু ঈকাইবা হৈয়ো হায়দগী 'অমম্বদা ইকাইবা হৈয়ো'' হায়না পাও-রোবনি।

## সামু মথুন্দা পেনা খোংবা

সামু মথুন্দা পেনা খোংবা হায়বা অসী ঙসিমকসু খোংলি। সামু অহুনদি নুঙাইবা উৎপা অমদি তানিংবা পোকপা উদে। অহুনদি রাইহে অসী রাইমোক অমা লৈবা তাই হায়বা থিকম থোকলে। পাঙবৌ অসীনা তাকলিবদি—মীওইবনা চীল অগুর মেন্নবা হোৎনবদা থবক্তা কন্না লাম্বেংনরি, অসী ফাওবদা সেৎপা চাবা

ফংদবনা ঁ ওইবা খুন্নাই ওইরি। অদুগী মথক্তা মচা-মম্পুগী সেম-লম্সু চামগী মতুংদা মীওই ১০তাক ওইনিবনি। অমুন্না থবক্তা অরাবা লান্থেংনবনে, যেক্লবা ৬কী মখুত্তগী নান্থোকপা ঙমদবনে নোংম-নোংমগা পুন্সি হাখি। পুন্সিগী তুমীং চায়বকই, সাম্ম পাক্লল হল্লকই, রাখন-লৌসিংগী মথৌ হল্লকই, লোয়ননা অসিবা লাইগী খযাত্তা তাখি। মরম অদুনা লাইনিং লম্নীদা খোঙদাগদবা হাযবা অসী পুন্সিগী তুমীং চায়দ্রিদৈঙদগী হোৎনবা মীওইসিংতনা পেন্থোক-হৈবা ফংলকুনা অবান খুবম ফংনখিবনি। অদুগা সম্ম হকচাংনা অশি থোংচ্রিল নকাসিন্নকলবা মতমদা লাইনিং লম্নী থিরকপদি পেন্থোকহৈবা, মহয় ফংবা ঙমদুনা পুন্সি ফৌহাম ওইদুনা থমলুং পুঙদ খোঙদাখি। মসীবু "সাম্ মথুন্দা পেনা খোংবা" হায়না পাঙবো তেরি।

শৈরে

# ফোংগ্রবা লাইরিকসিং

১। মীতৈ লাই হরাউবগী ৱাঙউলোন

১বা ২ৱক স্নুবা ৩লক স্নুবা ফোঙবা

২। মাতৈ থৌরমগী ৱাঙউলোন

১বা ২ৱক স্নুবা ৩লক স্নুবা ফোঙবা

৩। মীতৈ ঈয়েক মসক তাকপা

৪। মাতৈ ঈয়েক হৈনবা ঈপী

৫। মীতৈ ময়েক ১৮গী কাঙলোন অমম্মুং ৱাঙউলোন

১বা ২ৱক-১বা ফোঙবা

৬। থেনচংলোন (এষ্টোনোমী)

১বা ২ৱক শুবা ৩লক শুবা ফোঙবা

৭। অহানবা মনা ফংগ্রবা

ঈপুবোক্কী পাওতাক ৱারী